# লৈমরেন মিংখে

( চাম্মনিপান )

খোমজিন্নবা
ওইনাম ভোগেশ্বর

ও: কে: ষ্টোর্স
পাওনা বাজার

অফোংবা ঃ—

শ্রীওইনাম খেলচন্দ্র




মমল—লুপা ৪ভনি

অহানবা ফোঙবা ১৯৭০

কোপী ১০০০

২শুবা থুংনম ১৯৮৬

নম্ফম ঃ

প্রেটাপ প্রিণ্টিং ৱার্কস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল

লাইরিক অসিনু পাবিগে হায়রবদি ফিশেং শেৎলো, হৈ-লৈ পে থাউমৈ য়াউনা পাউ-ও! ভৌবা লৈবা খুদিংদা য়াইফ-মতিক ফংবিগনি নত্রবদি পাপকী লম্বীদা চঙবা শোয়দ্রবনি।



# ৱারম খৱদং ।

মীওইবা জাতি, পৃথিবীগী মনুষ্যদা লৈরিবা থরায় পানবশিংগী মরক্তা অথোইবা জীবনি হায়বসি চহি চা মশীং লাকওমত্রবা মতমদগী হায়নরক্লবা-শোম্নরক্লবা বাফমদা নত্তনা শাস্ত্রীয় ওইবা ধর্ম্ম গ্রন্থ অমসুং ঐতিহাসিক ওইবা পুরান পুয়া কয়ানা নিংথিনা য়ানরবা ৱাকমনি। অসুম্না মৈতৈ জাতিগীসু মীওইবগী লৌশিং ৱাখল মপুং ফানা মাঙজোননা ফংলকপগী ৱারম, থুপ্নবা কাচিন-কোয়া কয়াদা অমদি পাথাং পুথাং য়েনা হায়নরক্লবা ৱাফমবু ওসিগী ইজাতিগী খুঁন্তা অমুক নৌনা লাপ্তোকচনিংই। মীওইবা জাতিনা মীওইবগী ৱাখল খল্লকপা ওম্বা মতমদগী খনবমথৈ খল্লগা মৈতৈ ইজাতিগী ইপা ইপুশিংনা তেংবানবা অসিদি মপু ওইবা অমগী থৌবাংনা শেমর্খিবনি হায়নঃ অৱেপ্পা খওলক্লবদা, মহৌশা কৌবী লাইরৈমবু শোয়দনা য়াউফম থোকই হায়বতু খওলকপা জাতিনি। অতুনা পাউরৌ ওইনা পান্থৈংম্না হায়নরকই মাতুদি "ঈমাগী খোমলাংমন্দি সনাগী শামু মক্কাকমুক চাউনা দান তৌরবসু শিংবা ওমদ্রে।"

ৱাক্ম অসি খন্ন-নৈনকবদা থাইনগী ঈপা ঈপুশিং, ওহ্নোক্লা ৱাখল চাউনা অৱাংবা থাক্তা হৌরকপা মৈতৈ ফ্রুক্পী হায়বা তাকই। মাহুদি হন্দকী খোয়াং ইনবিব্রিবা ঈমা হায়বীসিগী লম্মনবু ঐখোয়না শিবগী মতম ফউবদা শিংবা ওয়রোইদোবগী ভাব তাক্লি। কনাগুম্বনা মরল মথুম, মরুপ-মপাং, শাগৈ ভাই-শেল য়াম্না চাউরবস্থু ঈমাগী লম্মন শিংবা ওস্বগী ৱাক্ম অসি ইপনপন্দে অক্লনদি হন্দকী ঈমা ঙসিবু এবু হেক পোক্‌পিবা থা ১০ না উপুবিবা ঈমা ওংগত্রা। মহুদু ওইববদি খরদং মতিক মগুণ লৈবা মীশ্নী, মম্মা অমবু মচাম্না এনিং থুংনবা কংচবা পোংলমদা, অপিক অচৌ কয়ানম্থু মনিং থু হনবা ওস্বগী ৱাক্ম নত্তবা তাই অহুনদি মীওইবা জাতিনা হেক পোকপদগী শিবা ফাউবদা নাউয়োক নাউকোনবিবা ঈমাদো কনানো খন্থবা চুমহ ঐনা ফনা যেনাককৈরাক খুন্দুনম্থু এগী শিন্নমদাই ফাউবদা, থৱাঁয়মা হকচাংবু থাইনৱবদস্থু মতেং লৌজরিবী, থোইদোক হেনদোকপী ঈমা অমা লৈবি হায়বসি খন্থনিংঙাইনি।

ঈমা অসিগী খোয়াংগী মহি মচী ( আলু, চেং, হৱাই, যেনশাং, মনা মশীং, থাউ নচিংবা ) হকচাংবু খোকখং চাউখংনবগী থবক্তা চঙলিবা মচাকপু পিনবিবিবী ঈমানি হায়বদা লাল্লগদরা! মাসিনা অচুমবনি হায়না লৌরবদি চুমই ঐনা শিবগী মতম ফাউ-বদা ঈমা মাগী মফমদা ঐনা য়েংলিবা, লৌরিবা মতেং কযাহুবু করম্বা শিগদৌথিবা মীনা অমদি ঐখোয়না ঈমা অহুগী লম্মন শিংবা ওমগদৌরিবনো! অহুনা ওমফম খোক্তে হায়বসিনা অচুম্বনি হায়রমা লেপখিবা ঈমাগী খোয়াং নাম্মগী লম্মন শিংবা ওমদে হায়নৱল্লিবা অসি অচুম্বমকনি হায়নিংই।

অসিহন্না শিংঙমক্রবা ঈমাগী খোল্লাংমন অসিবু শিংনবগীদমক তাইবং হকচাং শাবদা লাইগী মত্তিক লৈরবা মচী মচী পুন্নমক্না পক্কুনা লৈরিবা লাইপক্কা নমশা ( চন্দন ) থিন্দুনা ঈমাগী খোল্লাংমন শিংঙবগী শরুক য়ারক্লিবনি রাফম অসিদা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা ফজ ফজবা ভাব ধারনা কয়ামুক লৈরমগনি নিংই, অতুম ওইনমক পলেম ঈমাগী লম্মন শিংনবগী লম্বীদা চঙজফম ওইনা বে পলেম ঈমা ইবেম্মা। নওগী মত্তিক নয়াই পুন্নমক্কী মিংলেন মিংথৈ শোনবতনা পেঙদে নওব্ ঐগী ইরাইবক্তা হাপচল্লুনা ঈমাগী লম্মন কোরুবা থৌরাংজববু যৌজানবিযু হায়না ঐখোয়না নমশা থিল্লিবনি। অম্মুম্না ওঝাশিং না তাকপি। মাসিনা সমাজ অসিগী তুংগী নহাবোলশিংগী পুক্লিংগী অমস্তুং পুন্সিগী লানফমদা শেংলবা ঈরুগী ঈচেল চেলহল্লম্বনি হায়না লৌনিংই। মাসিগা লোইননা তেংবানবা 'শেম্বী, ঈমা লৈমরেন শিদবী মহাক্কী মিংথৈ অথুপ্পা কয়াবু মীওইবা ঐখোয়না পুক্লিং চেৎনা থুকম, লৈপাইজনবা মিংথৈ কয়াবু ইল্লুনা ঈপা-ঈপুশিংনা থম্বিরম্মী। মতমগী ইথিলনা ঐখোয়গী চৎনরোল পুম্বা পুম্মাং মাঙহনখিবনা ঐখোয়না শা-দগী কেন্না তোল্লবা জীবগুম লৈবি। মাত্তুদি ওরা লানগী মৈথু, ইংরেজ শিংগী শাসন, নিংথৌগী চৈরাক্পা ঐখোয়না ঈপা ঈপুশিংনা থম্বিরম্বা অথুপ্পা মিংথৈশিংদি অহল নাক্তা চঙল্লুনা থৌরম হীরম থিবিনবা হায়জনিংই। অত্তুগা শম্নপ্পা খরদংনা লৈবাক্কী থুত্তা লাম্মোকচবনি। লৈমরেন থুরুম্বগী রাফম অসি লৈমরেন লৈফ, ফাৎপা হায়বনচিংবা রাফম, থৌরম কয়ামাস্তু লৈ হায়না তাজৈ অত্তুবু ইচম চম্বা মওংদা লৈশি লৈথোন খরগা অশম্বা মিংথৈ খরগনা ঈমাগী থৌগল তৌমিন্নবা "লৈমরেন মিংথৈ" কৌবা লাইরিক অসি লাম্মোকচবনি।

ঈমা লৈমরেনগী ইরাৎ পুজা থৌরমদা চঙগদবা সনা লুপা পানা কা হৈ-রা খোইক থাউমৈ য়াউনা ওমজবা অথেনপোৎ কত্তুনা

অশম্বা মিংথৈ অসিনা

হান্না লাইশোন শোনবিসি।

অম্সুন্না ঈমা লৈমরেনবু থব্বায় হকচাং য়াউনা পজা ইরাৎ থৌনিজববদা তাইবংগী অরা অনাগী থেনথাঙ কয়াদগী ঈমানা কনবিগনি। চাককু লনকুম্বিগনি।

অসিগুম্বা তেংবানবা শেম্বী ঈমাগী সেবাগী মশক ওইবা, থৌগঞ্জবগী থৌরম অসিদা খ্বাই তরাগী খুত্তা লাম্বোক্লিংবগী রাখলনা চাউজরবা ঐবু লম্বাংনববা মীদা লমজিংবীবগুম ঈপা শরুবা ওজা শ্রীতেলেম আবীবনা ছাপা নম্বা অমসুং ফোংদোকপিবগী অরাপা শকক পুম্বা যাবিখিবগী লম্নন, পুন্সিগী তোনশিঞ্জে। অরোইবদা লাইরিক মচা অসিবু মৈতৈ ইজাতি অসিগী মী পুম্নমক্না কোপি ১। ১ দং লৌবিদুনা ঈমা লৈমরেন শিদবীগী মিংথৈবু মথং মথং ফোংজবগী সেবাদা তেংবাংবিরবদি হোৎনজবগী মহৈ য়াঙরে থনবগা লোয়ননা লম্মন তোনশিঞরে।

মতুংদা লৈবাক্কী ঈপা ঈচা ঈচিল ঈনাউনা ফগদবা মওং তাকপিবরুবগী ফিগাও শাজরি। অতুগা অরাল-অরুই য়াউরবসু নোল্লুক্না লৌজগনি।

ওইনাম ভোগেশ্বর—

# লৈমরেন মিংথৈ।

লৈমরেন মমাঙদা রাইরম তৈথোক্লগা সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই থাম্বনা পানা ক', হৈরুক, খোইরু থাউমৈ অমম্নুং ঙমজবা অথেনপোৎ অথুম অহাউ য়াউনা থুরুমপনি।

## মীংথৈদি

"উরু রিক হং, হং উরু বিক
লৈতিনথাক সুবি সিংলুম
তিল্লিপোকপি তরংম্নু
হেন রিং হো রিং নপ্ কোয়ে।
ক্রপ্ হপ্ কৌয়ে, চ্রুপ নপ্ কোয়ে।
ত্রং নপ কোয়ে. ত্রাং নোম্ লৈনপম্নু
লৈনপ্পী কোয়ে। তরং নপ্ কোয়ে।
আ উক ত্রিচী কোয়ে। থা য়োবে
চিংতব কোয়ে। হো পপ্ কোয়ে
কেলে কেলে চিংনুং নপ কোয়ে।
অ (৭ মং কুং (৭) মং রং লৈচিং মং বং।"

---

অম্নুম্না মিংথৈ অসি শোনবিরগা। মখাগী লৈশি লৈথোন অসিনা শোনবিগনি।

# লৈমরেন মিংথৈ

## ( চাম্মনিপাল )

ওঁ হয়া হে খোইনোম তবেংবী ॥ ১ ॥
মবোংখোং মরু পায়রীবী ॥ ২ ॥

---

হে ঈমা ! ... থরায় পানবা খিবিকপু শেম্বি শাবিলিবী, অগা... তবং অসিদা তেংবানবা শেম্লিবা ইবুঙো ... থোক্কনা তবং অসিদা কোয়্ন লৈঙ্না লৈরি- বীনি ॥ ১ ॥

থরায় পানবা খিবিক্কী লরাই লেম্ফুদগী হৌখ্রিবা মরুওইবা গোপকা মবী লৈনবা শিংলিগী মশকপু ঈমা নঙগী নফমদগী থোকহন্দুনা পায়্বীবীনি ॥ ২ ॥

---

ওঁ অঞ্জি = অহানবা থোক্লকপা মচি ।

তেংবানবগী মপুনা তেংবানবা শেমগে নিঙ্লকপদা মহোশা কৌবিবু হায়্না শেমই । মসিবু নাউয়োমগী মশক ওইনা লৈহল্লি । মমৈদা মহি মচি থোক্লকই । মসিবু অঞ্জি হায়না শথানৈ ।

পাগী পাবম শক্লিবী ।। ৩ ।।
মুগী মুরম তারিবী ।। ৪ ।।
লুরাই শন্নাং লয়্রীবী ।। ৫ ।।
লুম্ভুং শমচি হুল্লিবী ।। ৬ ।।
মপল পলেম পিনাইদবী ।। ৭ ।।
পম্বৌ তাংশক পানাইদবী ।। ৮ ।।
য়োইবু নদোম তোমশাংপী ।। ৯ ।।

---

ঈমা হাযনা মিঙ্গৌনা কোরবস্তু ঈপাগী থোবম ( মখৌ ) খুদিংদা শরুক য়াদুনা ঈপাগী শক্তম ওইবিবীনি ।। ৩ ।।

ঈমা ওইবী মুপীশিংগী শাজৎ লমচৎ শেম্লিবীনি ।। ৪ ।।

ঈমা নহাক্না মুপীগী থৌদাং যারবস্তু ঈপাগী মচা হন্না নাওযোকপনা নঙগী নশম নিঙথিবনা লবাং লেমফুথক্তা নিশন-দুনা ঈপাগন্না শম পুললিবীনি ।। ৫ ।।

মমা ওইবী অমনা তৌবগন্না তুংলোমদস্তু ঈপা নঙগী শমাদ হেক মথাদরীবীনি ।। ৬ ।।

ঈমা নঙগী ওপোকপী মমাদু লৈ হাযবা খঙনম্রবীনি ।। ৭ ।।

ঈপা তসিনা ... অশ্লম্বা মরু হুন্দুনা পোকখিবীনি হাযবগী অরেপ্পা মশক খঙদবনা ঈমা নঙগী পম্বৌবু মশক শেনা তাকওমদবীনি ।। ৮ ।।

মতম লৈবখিবিক্তা মথোক কাম্বুনতা লৈরগা নচল-ননাউ রুনা য়াউদনা নতোম্মতা শাংহন্নিবীনি ।। ৯ ।।

লাংবল চেংঙম শৌগুব্বী ॥ ১০ ॥
তাইবং শোংলেন অথাপ্‌পী ॥ ১১ ॥
তাইবং লিকলেং ওইরিবী ॥ ১২ ॥
খমনুং য়াইযোং মিংথেম্বী ॥ ১৩ ॥
তাইব, থব্রায় মীপোকপী ॥ ১৪ ॥
লাংবল অশি খোইগুমবী ॥ ১৫ ॥

---

লাংবল থংদা চীংদা নাইতোম শৌবা চেঙ্গুমগুম্না শৌদুনা লেবিবীনি ॥ ১০ ॥

তেংবান্‌বা অসিদা উমংগী মশকপুম্না শোংনা লৈবিবা পাপ্‌পুম্নমক্কী মশক ওইবশিংদগী থাপ্না লৈবিবীনি ॥ ১১ ॥

তেংবান্‌বা থব্রায় পান্‌বা খিবিক্না হিংদুনা পাঙ্গবদা পুম্নমক অসিব্ অমগা অমগা মরী লৈননা লীক লৈবগুম্না লোংবগী মশক ওইরবানি ॥ ১২ ॥

তাইবংগী হক্‌চাংনা শিরম্‌দাইদা, থব্রায় পুম্নমক্না চঙ্কন ওইবা, ইবুংঙো মাগী খোন্‌জেল তানা পুনবা থেমদুনা লমজিং-শিবীনি ॥ ১৩ ॥

তেংবান্‌বদা লৈবিবা থব্রায় পানবাশিংগী মথক্তা তাইব, মা ওইনবগু শেনদুনা পোকহনবীবিবীনি ॥ ১৪ ॥

লাংবল থাদা কোইপাই পাইবদি উংগা অমদি মহুম শক্তুনা লৈবে হায়দি খঙলগা কদাইদগী পাইরকপনো খঙদবা, মপুনাশ লোইরগা মফম বদাইদা চৎখিবনো হায়রফম খঙদবা উচি খোইগুবানি ॥ ১৫ ॥

থৌডাল লনকু তাইহেন্দবী ॥ ১৬ ॥
ভুযেল লাললৈমা লনকুবী ॥ ১৭ ॥
বানবা শারৈমা শাকুবী ॥ ১৮ ॥
লয়ভেংদু খুদিং মিযেংবী ॥ ১৯ ॥
মাযকৈ তবা ওইবিনী ॥ ২০ ॥
চেৎলৌ মিংকোই যশিবী ॥ ২১ ॥

---

ঈমা নঙগী নথোজালনা লাইবংদা যেন্থবদা অচৌ অপিক শাযদনা অবাং অহে নাইহন্দবীনি ॥ ১৬ ॥

শা-বা লানবা থেংনহনা লালগী মশকক্নুম্ন অচুম্নবু খিচ দা থৌজাল পিনবিবীনি ॥ ১৭ ॥

শা-গী মশককুম্না লৈরবা থবায় পানবা পুম্নককুম্না শালা পিবা হৌনবা থৌজাল পীরিবীনি ॥ ১৮ ।

অনেম-অবা অকুৎ শাংগাও অচৌ-পিশক খুদিং ঈমা নঙনা নাউঘাক্কুনা লৌশিনবা ॥ ১৯ ॥

য়েংলু যেংলু খুদিং মায়কৈ অমত্তদা নঙনা মফম খুদিং থুনা লৈবনা মায়কৈ তবাগী শক্তম। শাইওল তবাগী শক্তম। ওইহন-বিরিবীনি ॥ ২০ ॥

ঈমা নঙগী নিঙথিবা মায়োংদা পাঞ্জিবা নিঙথিবা মিৎকী মকোয়না মফম খুদিং উবা ওয়বীনি ॥ ২১ ॥

---

*কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা মায়'ক তরা অসিবু অর্থ তাকপিবদা শাইওল তরা নত্রগা। মমিংডাক্কা ওইবা পোরযম থোঙজিল য়াম্বা ) হায়না তাকপি।

শমু খুৎফাং অহেনবী ॥ ২২ ॥
খুৎফাং খুদিং খুৎশুবী ॥ ২৩ ॥
খোইমোম পুন্ন শোঙ্‌কীবী ॥ ২৪ ॥
চীংঙু নহিশাং শোঙ কাঙ্‌বী ॥ ২৫ ॥
রাংবল চাক্‌চা চাবীবী ॥ ২৬ ॥
কোরৌ ফান্দা রাংফম্বী ॥ ২৭ ॥

---

ঈমাগী নিঙ্‌থিবা খুৎ-মচাশিংদি তনৌ তনৌবদা ওইহনা খাইদগী থোৎন-নৌবদ নতুনা মফম খুদিং খুংনা মশীং যাম্বগুন্না লৈবিবীনি ॥ ২২ ॥

খুৎ-মচা খুদিংদা খুৎলাইশুনা পায়বিবীনি ॥ ২৩ ॥

লাইগী মচা লাই পুন্নমক্না ঈমা নঙবু উবদা পুকনিং মশোং কাঙ্‌না (তু চুংনা) কীবিবীনি ॥ ২৪ ॥

তেংবান্‌বদা লৈবিবা নহাক্কী নশাগৈ লাই পুন্নমক্না তু-চুংনা মশোং কাঙ্‌নবীনি ॥ ২৫ ॥

নিংথৌতনা চাগদবা চিঙ্গাক অহাউবা চাবদৌনা খাইদগী হেন্না ফবা তেংবানবদা চংদবা যাদবা চিঙ্গাকপু ঈমা নঙনা চাবিবীনি ॥ ২৬ ॥

অরাংবা তরং নোংথক্কী (অহাঙ্‌বা অতিয়াগী) মকোয়দা রাংনা থাবা ফান্দা ফম্বিবীনি ॥ ২৭ ॥

* হুমলেন্ নোংফাই চম্ঙম্দবী ॥ ২৮ ॥
হানলেন্ শিফা চাইহন্দবী ॥ ২৯ ॥
ফুরেল মুংগী পিরিংখোম্বী ॥ ৩০ ॥
✪ চিনফু তাইথোং লম্মাবী ॥ ৩১ ॥
\+ থুপ্না লৈবী লাইখুরেম্বী ॥ ৩২ ॥

---

* হুমলেন (হিংবদা চঙ্লিবা কান্নবা মুংশিং) অসিবু মুংশানা শারগা লৈচিল্লনা মাঙ্খিবা অহুগুম্না হুম্নকইবা খ্বাইদগী কান্নবা মুংশিংপু মাঙহন্দবীনি ॥ ২৮ ॥

তাইবঙ্গী হকচাংদা কান্নব্রবা মুংশিংনা তেংবানবা অসিদা হেন্না হেন্না চাইথোকহন্দবীনি ॥ ২৯ ॥

খ্বাইদগী চাউরবা চক্ মমুংদা লৈবগা ঈমা নঙ্দি পিরিং শোংগুমই হাপ্নবগী পিরিং খোম্বী হায়না মিঙ্গৌবীনি ॥ ৩০ ॥

তেংবানবগী মপুনা যেক ৭ শেম্বদা শরাং লৈশাংনা হান্না শেমই অহুনা ঈমাবু হান্না ওইহল্লকপা মরম্না চিনকু হায়না তেংথানৈ অহুগুম্বা হান্না শেম্নক-ওইহল্লক্রবী লম পুম্নমক্কী মপী ওইবীনি ॥ ৩১ ॥

তাইবঙ্গী থরায় পানবা পুম্নমক্কা শেংনা ফাকনা থিল্লবগুম থিবদা খঙদবী, লাই চম্ব পুম্নমক্কী লেমজবীনি ॥ ৩২ ॥

---

✪ কামাখ্যা মাতাবুসু খঙ্নৈ। + কনাগুম্বনা লাইখুরেম্বী হায়নৈ লাই মখুৎ লোম্বীনি হায়ত্না থাজবগা লোয়ননা পোংমাঙ্ চৈমাঙ্গী মরমদা অখুম-অহাউ কংলগা পোং লৌবা মীদা তেমবাক্তি হায়না থাজনৈ। * ওক্সিজেন্।

লয়্ শুপ্ লয়শোই খোমিবী ॥ ৩৩ ॥
চুমবু নারেং কূপশ্বী ॥ ৩৪ ॥
লানফম চৈথা থাঙ্ফদবী ॥ ৩৫ ॥
চুয়েল লানশোক লৈমাবী ॥ ৩৬ ॥
পাম্ভোম খুংশ, শিঙথাঙমদবী ॥ ৩৭ ॥
থাঙহাই নোংথাং পান্দম্নবী ॥ ৩৮ ॥

---

তেংবানবা শেম্বদা কুপ্ন কুপ্নবা পোৎচং কয়াবু শুপচিন-শাজিননা কান্নদবশিংবুনা শোইদোকতুনা মাঙহন্দুনা পুম্নমকপু খোমজিনবিরিবীনি ॥ ৩৩ ॥

মুংশিঙ্গী হেন্না কূপ্না মতম কৌববু খজিক্তং ফাওবা মাঙ্হন্দনা মথং-মনাও পরেং নাইনা শিজিন্নরিবীনি । ৩৪ ॥

ঈমা নঙগী নতিক নয়াইনা শাউরক্লবদা নঙগী নমাঙদা মায্রোং য়াহুনা চোংথোকপদা থাঙবা ঙম্মন্দবীনি ॥ ৩৫ ॥

মমান্নবা মাইযোক যাঙ্কন' লান শোক্লরিবা পুম্নমক্নী মপু শুইরিবীনি ॥ ৩৬ ॥

ঈমা নঙগী পাম্ভোম মশীং য়াম্বদা পায়রিবা খুংশু খুংলাই মশীং য়াম্বা মরম্না শিঙ্থাবা ঙমদ্রবীনি ॥ ৩৭ ॥

লানফমদা ঈমা নঙগা মায়োক্লবদা ঈমাগী থাঙহাই য়েংবদা নোংথাং কুপকুম লংনা থুনা হাইবা ঙম্বীনি ॥ ৩৮ ॥

শঙাইশেল তাহুল পাইগুম্বী ॥ ৩৯ ॥
উনবি শোশা মাঙহনবী ॥ ৪০ ॥
শমু মাঙ্দা থাঙ্ঙমদবী ॥ ৪১ ॥
লানফম কূম্মে য়েংগনবী ॥ ৪২ ॥
শকথোং ঈঙাং কাবিবী ॥ ৪৩ ॥
ঈনগী খুজ্ঞি পায়রিবী ॥ ৪৪ ॥

---

ঈমা নঙগী খোংচত্তি শঙাইশেলনা পাইবগুম অহুনবা টানা য়াঙ্না চৎপদা মশক উদবগুম অমদি লানফমদা হুনবা টাদি শঙাইশেল পাইবগুম্না অমদি মুংশিত্তগী থোইনা হেন্না য়াঙ্হনবা ঙম্মিবীনি ॥ ৩৯ ॥

তাইবুং পুম্নমক্কী ফত্রবা মপুক্লিংবু শোদা যুংগম্লবা অবাবা মীশিংনা শোবু কিবগুম্না ফত্তবা পুকচেল চেপ্রকপশিংনা শোবু কিবগুম্না ফত্তবা পুকচেল চেল্লকপশিংবু মাঙহন্বা ঙম্বীনি ॥ ৪০ ॥

ঈমা নঙগী নত্তিক নয়াইদা তেংবানবগী থরাই পানবা পুম্নমক্কা নমাঙদা থাঙ্বা ঙম্নদবীনি ॥ ৪১ ॥

অচুম্বগীদমক মনাম্নবা মাইয়োক য়াহ্নুনা শোক্লিবা লানফম খুদিংদা য়েংগনবীনি ॥ ৪২ ॥

নিঙথিবা মাযথোংনা ঈগী মচুগুম মতম লৈবা থিবিক্কা তঙাং তঙালিবীনি ॥ ৪৩ ॥

অহুন ঈম্না হুমখ্রগা ঈনলিকশিংনা পাক্লা শম্না তাখ্রবম্মু নবী ( খুজ্ঞি ) পায়বনা তপচিন্না চিংনিংবা মতমদা চিংগুম্বীনি ॥ ৪৪ ॥

পেগী চহুম শূরিবী ॥ ৪৫ ॥
চীরিক খোনবী চেঙশোবী ॥ ৪৬॥
খোইমোম লৈমরেল শিদবী ॥ ৪৭ ॥
লাংহৈ কুমদম লোমলিবী ॥ ৪৮ ॥
* লৈমা তরেং শান্ওন্বী ॥ ৪৯ ॥

---

থান্নবিবা পেনা পাক্লা থানজরবস্থু থূপচিননিংবা মতমদা পূন্না থূপচিনবা য়াবগুন্না ভাইবংপানবগী শক্তি পূম্বা পায-বিবনি ॥ ৪৫ ॥

চেঙ হাপ্পবা চেঙফ্দা লৈবা মতমদা ঈমা নঙবু চীবিক খোনবী হায়না মিঙ্গৌবীনি ॥ ৪৬ ॥

তেংবানবা মপুনা শেম্বিবা লাইগী লৈমা ওইবী পূন্নমক্তগী শিবা নাইদ্রবী অহেনবী ওইবীনি ॥ ৪৭ ॥

চহিগী অহৌবা কুম তম্বদ নত্তনা চহিগী অবোইবা মতমবুস্থু লোইহনবীবিবীনি ॥ ৪৮ ॥

ফৌওইবী, ঙাবৈমা, থুমলৈমা, য়িরৈমা, থাম্বীলৈমা, শিনৌ-লৈমা, মহৌলৈমা অসিগুম্বা লাইবেম্বী ওইনা তবেংলক শক ওনথোকঙম্বীনি ॥ ৪৯ ॥

---

* ১। ঙারা ঙাওইবী ২। থেরেরোংবম নিংঙোনবী ৩। পিয়াইনু ৪। শিংশিংয়াইনু ৫। চীংনুংঙম্বিংনু ৬। থাংয়িনু ৭। য়িবান হুমলোং অম্বুন্না মমিং থোনবস্থু থেংনৈ।

ফ্রেপ লৈমা ল্চাউবী ॥ ৫০ ॥
তমলেন চাংজো ওইরিবী ॥ ৫১ ॥
চীংঙা লৈমা তখেংবী ॥ ৫২ ॥
শিঙনাং চোমজাউ শূরিবী ॥ ৫৩ ॥
কবাক য়েনথাং হাইরিবী ॥ ৫৪ ॥
লোইবি চীংঙা লাংথাকপী ॥ ৫৫ ॥

---

তেংবানবা অসিগী থ্বাইগী মকোক ওইনা হৌফম শাৎফম ওইহুনা চঙ্লিমথৈ থন্ঙম্দবীনি ॥ ৫০ ॥

পাক্লবা লাইজা ঈশিংগী ঈপাক অচৌবস্থ ওইরিবীনি ॥ ৫১ ॥

তাইবং মীওইবনা শিরমদাইগী মতমদা থরাইনা হকচাংবু খাইনগদবগী পিশূম ২ গী কারক্তা য়োম্নবদা ঈমা নঙ্না তশেংনা চোংহনবীনি ॥ ৫২ ॥

শিঙনাং মতোলনা ঙৌবগুম্না তাইবং পুম্নমক্কী থরাইবু অঙৌবা মফোলগুম্না ওইহনবীনি ॥ ৫৩ ॥

ফত্তবা লীচৎ চৎপশিং, নত্তবা মিৎয়েং য়েংবশিং পুম্নমকপু থৌরবা কবাক অমদি য়েনগী মখোংদা পানবা য়েন্থাংনা হাইবগুম হাইদৎপীনি ॥ ৫৪ ॥

তাইবংনা শিরমদাইদা পিশূম অনিগী কারক্তা লাং থাক্তুনা থরাইবু ফানবা হোৎনরিবীনি ॥ ৫৫ ॥

পীশূম য়াউরো শাথৌবী ।। ৫৬ ।।
তেৎনৌ লাংপল কোয়্খনবী ।। ৫৭ ।।
চোযনৌ শন্না পোরোনবী ।। ৫৮ ।।
ভুংওল য়াইথোং মিথেম্বী ।। ৫৯ ।।
লৈবক শারং শীবীবী ।। ৬০ ।।
খোংবাল শারং যারিবী ।। ৬১ ।।

---

উমংগী শাশিংবু শাদানবনা থৌবগুম পীশূম ২ দা তোংহনা মিহুল থাহুল পুম্নমকপু শা থৌবগুম থৌদোকলিবীনি ।। ৫৬ ।।

য়োংকুম্না কল্লবা লাংনা তাইবং পুনশিবু ইকোয় কোয়না থাজিন্দুনা খল্লিবীনি ।। ৫৭ ।।

ফুদোংলবা স্নানা তাইবং পুনশি অসিবু অয়েক্লা কাম্নদবা ফখক্তা মাঙ্খিদনবা পৌ লোল্লিবী ।। ৫৮ ।।

তাইবং ঐখোয়না শিন্নমদাইদা থন্নাইনা পুক্নুংদা তাইবং হকচাংবু থাদোক্লসিন্না থাদোকহৈগুমসিন্না হায়না মওল মওল খল্লিববু থেমহুনা পূন্নিবীনি ।। ৫৯ ।।

তেংবানবগী থন্নাই পানবশিংনা হকচাংদা লৈবিবা মফম থুঙিং শিনবা থুংনা অমদি লৈরক খুদিংদমু শীনবা থুংলিবীনি ।। ৬০ ।।

তাইবং হকচাংগী ঈন্নম-খোঙ্গম মচা অচৌবা থাক্কনা অমদি তেংবানবগী ভু-খোং অচৌ মচা খাক্কনা ঈমা নওগী নতিক নয়াইনা শক্লুনা শকক য়ারিবীনি ।। ৬১ ।।

য়োইবু লোইমু থুমওইবী ॥ ৬২ ॥
তাইবঙ থরাই লিকলেংবী ॥ ৬৩ ॥
তমপা নপাল উনাইদবী ॥ ৬৪ ॥
পামেল নরা লীচত্তবী ॥ ৬৫ ॥
শিদবা মপাল থারিবী ॥ ৬৬ ॥
নাদবা মউ লিংহৈবী ॥ ৬৭ ॥

---

মতম লৈবা থিবিঙ্গা মথোক কাবীদা ওইহনা তাইবং হুকচাংদা চন্নদবা য়াম্রবা থুমগী শককপুন্দ ওইরিবীনি ॥ ৬২ ॥

তেংবানবা অসিদা লৈরিবা থরাই পূম্নমকপু ঈমা নঙনা লীক লেংবগুম পরেং নাইনা থম্লিবীনি ॥ ৬৩ ॥

হে তেংবানবগী মমা ওইবী। পামেল উ-মক ওইরবন্দ উ-গুম্না শকফম ওইদবীনি ॥ ৬৪ ॥

পামেল উ মক ওইববন্দ মরা চত্তনা হৌবা উগুম ওইদহনা মবা থিবা ফংদবা হৌবকফম লিনফু (মক) খঙদবীনি ॥ ৬৫ ॥

নঙগী নতিক নয়াই নিঙথিবত্নবু ফংজরবা তাইবংশিংদি খুইবা-কংবা অমদি শিবা নাইদ্রবা, তগৎ তগৎ তেকপদা শকক ওইহনা পিনবিবিবীনি ॥ ৬৬ ॥

মশা মউ পুম্বা চোক্‌থবগা লোয়ননা তিনচেল লাইচল লৈত্তবা অমা অয়েক লৈহন্দবীনি ॥ ৬৭ ॥

থাঙ্‌লেন হাইকূপ চেল্লিবী ॥ ৬৮ ॥
সনা শয়্‌বূল শূরিবী ॥ ৬৯ ॥
তাইবঙ্‌ তরা চাক্কুবী ॥ ৭০ ॥
তরেৎ শেনজা লনকুবী ॥ ৭১ ॥
চকমোম মৈবী ওইবিবী ॥ ৭২ ॥
মৈত্রেং মৈথাঙ্‌ মৈতোংবী ॥ ৭৩ ॥

---

তেংবানবা শিনব থুংনা লৈনবা চেনবদা থাঙ্‌হাই থুমনখিবনা থাঙগী মমি অরংববু হাইফেৎ উবগুম থুনা য়াঙ্‌না চেল্লিবীনি ॥ ৬৮ ॥

তাইবং পানবগী থরাই পানবশিংবু রারক চৈথা পীনবা সনাগী লংলবা চৈগী মপুল মপুল পায়রিবীনি ॥ ৬৯ ॥

তেংবানবদা লৈরিবশিংবু মথরাই হিংনবগী মচিঙ্গাক তাঞ্জনশিংনা মচিঙ্গাকপু থোজালগী মশক্না মপুং ফানা পিবিরীবীনি ॥ ৭০ ॥

শেলগী অরাৎপা লৈরবস্তু ঈমা নঙগী নথোজানবু ফংলবদা মতিক ওক্রবা শেল পীনবিবীনি ॥ ৭১ ॥

নংবী অনি য়েনরগা পোক্পা মৈদগী মৈজাউ ওইরকপগী মশক ওইরিবীনি । ৭২ ॥

মৈনা তনিক অনিক ইরং লংনা মথং মথং শন্দোক্লকপদস্তু মৈত্রুগী মতোন্দা তোংলিবীনি ॥ ৭৩ ॥

তমপা পানবা ফাঙম্বী ॥ ৭৪ ॥

রাংঙম কৈরেল তোংফবী ॥ ৭৫ ॥

অঙৌবা শগোল তোংলিবী ॥ ৭৬ ॥

য়োইবু থাংয়ি ফৌ-ওইবী ॥ ৭৭ ॥

লাইখোং য়িচেল শেম্লিবী ॥ ৭৮ ॥

লাইরৈমা তনৌ তরেংবী ॥ ৭৯ ॥

---

হে ঈমা তাইবংগী থরাই পানবশিংনা কৈগুম্না শাগী রাখলগুম ফত্রবা পূকচেল চেনবশিংবু মাঙহন্দুনা মপূক ফাজিনবিরবিবনি ॥ ৭৪ ॥

অসিগুম্বা ফত্রবা পূকচেলদা হাইনিংঙাই লৈতবনা মকোক ওইরবশিংদম্ব ঈমা নঙনা থৌথহন্দুনা তোংবগুম্না লৈরিবীন ॥ ৭৫ ॥

অচুম্বা শাজৎ অফবা লমচৎ নিঙথিরবা মিৎয়েংনচিংবা লাইনিং পরৈ চুম্নবশিংগী শমু মহকচাংদদা অঙৌবা ফিগুম্না শেংনা তক তরুবা থরাইদদা তোংলিবীনি । ৭৬ ॥

মতম লৈবা খিবিক্তা ইনৌ নৌবী ফৌরৈমা, ফৌগী লাইরেম্বী ফৌওইবী ওংবিবীনি ॥ ৭৭ ॥

তাইবংগী হকচাং পুবা লাইখোংগী শিংলি পাফলদা ঈগী ঈচেলবু তত্তনবা শেম্লিবীনি ॥ ৭৮ ॥

লাই পূম্নমক্কী লৈমা মমা ওইহনা মতম পূম্বদা ইনৌদ নৌহনা মফম খুদিং থুংনা লেঙনা লৈরিবীনি ॥ ৭৯ ॥

খাখোং য়িনামুং খোথবী ।। ৮০ ।।
লুরাং শিমারীং নোংকাবী ।। ৮১ ।।
খাবী চাম্মা শিক্তাকপী ।। ৮২ ।।
অমাই চাম্মা পাউতাকপী ।। ৮৩ ।।
তাইবঙ্ মাঙরাই তুংরাইবী ।। ৮৪ ।।
রাংঙম রায়েল থোয়াংবী ।। ৮৫ ।।

---

তাইবং পৃথিবীগী হকচাং-মুংদা পুবা খাখোং কোবা ঈগী ঈচেলদা ফত্তবা পৃথিবু চেন্থহল্লিবীনি ।। ৮০ ।।

তাইবং মপোক্লা লোইরমদাইদা থরাইনা লু-পৃথ্বগী মকোক ওইবা লাইবক্কী মলুং অরাংবা লাইতিনকোন্দা মথৌ লোইরগা কাখংহল্লিবীনি ।। ৮১ ।।

খোইয়ুম খোইমোম পৃথ্বমক্কী লাইগী পাউতাকপু ঈমা মাইবী ওইবী চাম্মা চাম্মগী মফমদা মথৌ তাক্লিবীনি ।। ৮২ ।।

ঈপাগী মশক ওইবা অমাইবা চাম্মা চাম্মগী মফমদগী লাই মথোয়গী মফমদা করি তৌবা হৌনবগে হায়বা মরম পৃথ্বা পাউতাক্লিবীনি ।। ৮৩ ।।

ঈমা নঙদি মতম লৈবা খিবিক্তা তাইবংগী থরাই পানবা পৃথ্বমক্কী মাঙ-তুং শেন্নরিবীনি ।। ৮৪ ।।

অচুম্বা অফবা রারক রাতেমগী থৌদাদা অতপ্পা লৈতনা থুনা থুনা লোইশিলহল্লিবীনি ।। ৮৫ ।।

তবা চাক্লিং চাশৌবী ॥ ৮৬ ॥
য়েন্‌লম্‌ য়েল্লিং রেনশৌবী ॥ ৮৭ ॥
তাইবঙ্‌ অযুক কোনথোকপী ॥ ৮৮ ॥
স্নুমিদাং তাংলৌ কোনশিনবী ॥ ৮৯ ॥
লৈমা লায়োনলাং তনৌবী ॥ ৯০ ॥
অযুক চরা নোংদম্বী ॥ ৯১ ॥

---

তাইবং পূম্বগী থরাই হিংনবা চানবিবা চেঙ-চাক্লচিংবা চিঙ্গাকপু অমুৎপা অথম্বা নাইদনা তক্তনা শৌগৎহল্লিবীনি ॥ ৮৬ ॥

তাইবংগী হকচাংবু শাগৎপদা চঙ্গলিবা য়েনগী শক্কক পূম্নমকপু মাঙহনবা নাইদনা অতংপা লৈতনা শৌগৎহল্লিবীনি ॥ ৮৭ ॥

তেংবানবদা লৈবা থরাই পানবা পূম্নমকপু স্নুমিৎকী মঙাল হেক ফংবা মতমদগী স্নুমিদাংবাইগী মতম ফাউবদা মথৌ তৌনবা অহিংগী অমম্বা ( রাখল মম্নুবা ) মতম্বু অচুম্বা অফবা রাখল থন্নবা থোকহল্লিবীনি ॥ ৮৮ ॥

অযুক্কী মতমদা ( অঙানবগী মতমদা ) মথৌ তৌকবশিংবু পোথাজনবা অমদি পাঙ্গল হাপ্লিনবগী কোনশিনবিরীবীনি ॥ ৮৯ ॥

ঈমা নঙদি লৈমা ওইবী পূম্নমক্কগী অহেনবী লফু-মনুংগী লায়োলগুম্না তনৌ তনৌরিবীনি ॥ ৯০ ॥

তেংবানবগী থরাই পানবা পূম্নমক্না নোংমগী চঙগদবা মচিঙ্গাক পূম্নমকপু ফংননবা তম্লিবীনি ॥ ৯১ ॥

ইস্নুং চরা নোংখাইবী ॥ ৯২ ॥
হী মহী তরেংচী মিঙ্গোবী ॥ ৯৩ ॥
খোইমোম কোরৌ অরাংবী ॥ ৯৪ ॥
লৈমরেল ফমথক থোংলিবী ॥ ৯৫ ॥
লয়্গী মরী পায়রিবী ॥ ৯৬ ॥
নোংগী মরী শূরিবী ॥ ৯৭ ॥

---

অহিংগী মতম য়োরক্লবদা পোথাবগা লোয়ননা অহিংগী চানবা মখাক থম্লিবীনি ॥ ৯২ ॥

ঈমা নঙদি মহী মচি হায়না হেক লৈরিবা পূম্নমক্কী মকোক ওইবা মচি লেঙলি পাম্লিবা পূম্নমক্তা চঙদবা খ্বাদবা মচি ওইদুনা তেংবান থুংনা কোয়রেং লেংম্মা থুংনা য়েম্লিবীনি ॥ ৯৩ ॥

লাই কুপী-মুপা পূম্নমক্কী লৈফম ওইবা থ্বাইদগী রাংলবা তরংমক্তদা লৈরিবীনি নহাক্তি ॥ ৯৪ ॥

লাইগী লাইওইবী লৈমা পূম্নমক্কী মথক থোংবী লাইরৈমশিংগী ফম্ফম, পূম্নমক্কী মথক থোংলিবীনি ॥ ৯৫ ॥

মালেম লৈবাক অসিগী পাকহুনগে চাউহনগে ননিঙ তৌদুনা মালেমগী মরী খূত্তা পায়রিবীনি ॥ ৯৬ ॥

তেংবানবা অসিদা হিংনবগী লম্বিদা চঙলিবা ঈশিংগু ফংজবা য়ানবা শিনবিরিবী, নোং চুহনগে চুহনলোই হায়বা পূম্নমক্পু ঈমা নঙ্না শিনবিরিনি ॥ ৯৭ ॥

কোংয়াং রাৈম শিলহৈবী ॥ ৯৮ ॥
পামেল উৱ্রে শিলহৈবী ॥ ৯৯ ॥
খমনুং য়াংদৌ পিথ্রাইবী ॥ ১০০ ॥
অমন্ শিকুম খোংত্রাইবী ॥ ১০১ ॥
তাইবঙ ফুঙ্গা মৈরিংবী ॥ ১০২ ॥
তমপা মৈবী হানদোংবী ॥ ১০৩ ॥

---

রাহয়্ রাজা লৈথোক লৈশিল থূদক থূদকী রাখল থোকহনবা ওমহল্লিবী নহাক্লি ॥ ৯৮ ॥

পামেল উনা খাঙবগুম পূন্নমকী মহুৎ শিন্দুনা অফ-ফত্ত য়েংশিন্দুনা মহুৎ মরেং শিনবিরিবীনি ॥ ৯৯ ॥

তাইবংগী থরাইনা হকচাংগা খাইনরমদাইদা তেংবানবগী মপু মাংগী মনাক তান্না থরাইনা চৎকদবা লম্বীবু ঈমা নঙনা তাকপিরিবীনি ॥ ১০০ ॥

তেংবানবগী মপু ইবুংঙো মাগী মনাক তানা থরাইনা চৎখ্রগা থরাই অহনা অমনবা হকচাংবু হন্দোক্নুনা অনৌবা হকচাং অমদা অমুক লারুবগী খোংফম্বু তাইশিনবিরিবীনি ॥ ১০১ ॥

তেংবানবগী থরাই শানবা পূন্নমকী খোয়দোয়াফম ফাহনা মতিক উংনা তাইবংবু লিংবিরিবী ॥ ১০২ ॥

তাইবংশানবা মপুনা তাইবং শানবা অসিবু শৈরবা মালেম ইমা নঙবু খাম্বী মৈগী মৈফ্ হুংদগী ('হুমিত্তগী') চিংথোক্লকপদা খাইদগী অহানবা ওইখিবী ঈমা নহাক্লি ॥ ১০৩ ॥

লাইজা ঈশিং কানরবী ॥ ১০৪ ॥
মায়কৈ শিঙথা ঙমদ্রিবী ॥ ১০৫ ॥
মালং নোংশিং তোংলিবী ॥ ১০৬ ॥
লৈচিল শিফা খোঙ্গাউবী ॥ ১০৭ ॥
যোইবু লৈমা অচিবী ॥ ১০৮ ॥

---

ঈমা নঙবু খাম্বী মৈফ্লুংদগী চিংথোকখিবদা তাইবং শেম্বা ঙম্বা ঈমা নহাক্কী খ্বাংগী শরুক ফাউবা লাইজ ঈশিংনা ফিজেৎ ওইনখিবীনি ॥ ১০৪ ॥

ঈমা নঙগী সনা লিনকোইদগী থোকখিবা থরাই পানবশিংগী থোক্লফম থোঙজিল যাম্বীনি ॥ ১০৫ ॥

হে ঈমা নঙদি নোংশিং মখল কয়া লৈবশিংদুম্ব তোংহ্নবা শাদোং ওইরিবীনি । ১০৬ ॥

পা রবা লৈচিলক্তসু ঈমা নঙ্দি খোংদারিবীনি ॥ ১০৭ ॥

মতম লৈবা খিবিক্তা মথোক কারকপী ওইহনবা লৈরিবী লৈমা ওইবি পূম্নমক্কী মরক্তগীসু মচি ওইরিবীনি ॥ ১০৮ ॥ ✪

লোইরবা

